পুয়া অসি ইপুধৌ খুমন পোরৈতোনগী থৌজালদগী ফংজবনি ।

ফোংজব :

পোইরৈ অমাই লোইশঙ

রাংব্রেন খুভম, মংগলপুর

সোনাই, কাছার, আসাম ।

website : www.paluniverse.com

email : porei@paluniverse.com

অহানব ফোংব - ২০০৯ ইং

মশিং - ৫০০ ।

হকশিং - হক পুন্নমক অফোংব লুপকীনি






**ইকাই খুম্নজনিঙাইগী মশক ওইরব**

**মনিপুরগী রেভিনিউ, ফোরেষ্ট /এনভাইরোনমেন্ট লোয়নন লো মিনিষ্টর থৌদাম দেবেন্দ্রন কৎপিরকপ শেনফমন মপুং ওইরগ ফোংদোকচব পুয়ানি ।**

এন এইচ পি সি কন্ট্রেক্টর **এ কিশোর** ব্রাংখে, ইম্ফালন পুয়া মাইখুম কৎপিরকপনি । নীংজব চাওবশিংনসু ঙমজব শেল-খর খর হাপচদুন পুয়াসি ফোংবদ শরুক য়াজখি ।

**ফোংজব :**

পোইরৈ অমাই লোইশঙ,

ব্রাংব্রেন খুভম , আসাম ।

রেজি: নম্বর - RS/CA/243/E/135 0F 2007.



ইপুধৌ খুমন পোইরৈতোন

মশাগী চহী তরাতরুককলোম শুবদগী লাইনীং লম্বীদ খোংদাদুন, পুন্সি চুপ্প মীতৈগী লাইনীং লম্বেলবু মপুংফানব হোৎনবিরম্ব পোইরৈগী য়ায়রোন মরুনি ॥

রাংব্রেন খুভম, কাছারদ লেপ্লিব ঈথৌ ঈকান সিদব
মপুগী লাইশঙগী মথকথংব শরুক্কী শক্তম ॥



য়ায়রোন ফুরুপ পুন্নমক্কী মীওইশিংন নোংমগী কাংদন ঈরাৎ থৌনিব লাক্লিব,
পোইরৈ অমাই লোইশঙন মতমগ চুনন পুখৎলক্লিব খুভমনি ॥



**CHIEF MINISTER**
**MANIPUR**

ইম্ফাল,
জনুৱারী ১১, ২০০৯



# পাউজেল

“**পোইরে অমাই লোইশঙ**”, ৱাংৱেন খুভম, মংগলপুর, সোনাই, কছার, অসামনা “**ঈথৌ ঈকান সিদব**” কৌব পুয়া অমা লাইরিক ওইন ফোঙদোক্কদৌরে তাবদ থোক্লিদোক হেন্দোক্ন ঐঙোন্দ নুংঙাইব ফাওজে।

ফোংদোক্কদৌরিবা লাইরিক অসিন, মীতৈগী চৎনবী হৌনশা, অমদি ঈনাং যোকখংপা অচৌব থৌদাং অমা লৌরগনি হায়নশু ঐন থাজজে লোয়ননা, লাইরিক অসি মায় পাক্না ফোঙব অমদি পুথোকপ ঙম্ব ওইরসনু

( ওক্রম ইবোবী সিংহ )



## পাউজেল

মীতৈগী মৈহৌরোলদগী চৎনরকপা চৎনরোল অমদি কৌরু, নোংমাইজিং, রাংরেন্নচিংবগী ঈরাং লোনগা মরী লৈননা ঈবুধৌ খুমন পোইরেতোন্না থম্বীরম্বনি হায়ব পুয়া অমা, পোইরে অমাই লোইশঙ, কাছার, আসামনা ফোঙগদবগী থৌরাং তৌরি তাবদা থোইদোক্না নুংঙাইবা পোকচৈ ।

ফোঙদৌরিবা পুয়া অসিনা মালেমদা চোইনা - চাইনা তারিবা মীতৈশিংনা মতম কুইনা খঙদনা লৈরম্বা রাখল্লোনগী মঙাল অমা পীবা ঙমগনি হায়না থাজৈ ।

লাইরিক অসিনা তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংগশু হেন্না শকখঙনবা অমদি চান্ন - চিন্নবা পুরকপা ওইরসনু ।

( থৌদাম দেবেন্দ্র সিংহ )

# ইকাই খুম্নব উৎচব

মতম কুইনদগী ঙাইনরক্লিব **ইপুধৌ খুমন পোরৈতোন্ন** পাওতাক পীনবিরগ মনাইশিংন ইশিনজদুন থমহৌব ঈথৌ ঈকান সিদব পুয়াসি ফোংদোকপদ ইকাই খুম্ননিঙাইগী মশক ওইরব **মনিপুরগী রেভিনিউ, ফোরেষ্ট এণ্ড এনভাইরোনমেন্ট লোয়নন লো মিনিষ্টর থৌদাম দেবেন্দ্র**না মপুংওইব শেল কৎপিরকখি অমদি তোঞান তোঞানব ফুরুপশিংগ চিন্ন চান্নব পুরকপনচিংবদ মরু ওইহন্দুন মমল য়াম্লব পাওজেল অমসু পীবিরকখি ।

অমরোমদন, থোইদোক্ল ইকাই খুম্নজরিব **মনিপুরগী চীফ মিনিষ্টর ওক্রম ইবোবী**নসু মীতৈগী চৎনবী হৌনশা অমদি ঈনাৎ য়োকখৎপদ থৌনা হাপকৎপগী মশক ওইব লুম্লব পাওজেল অমসু পীবিরকখি ।

মসি ফংজবদ, তপ্ন তপ্ন ওনব য়াওনদ হেন্ন থাজব থমদুন মতম শাংন মোংহাদবগুম লাক্লব লাইনিংলম্বীগী মরী লৈনব লুপশিংসিবু লৈম-নিংথৌন শকখংবিব মতমদু লাক্লে হায়বগী রাখলদা তেংবানব মপুবু নীংশিংজখি অমদি পাখোং পুখোংদগী চৈঙাক ফংবগুম মপান মনিপুরদ লেপলিব লুপশিংসিগী মেম্বরশিংন পুকচেল চাওরব মীতৈ লুচিংব অনিবু থম্মোইনুংদগী থাগৎচরি অমসুং ইকাইখুম্নব উৎচরি ।

তেংবানব মপুন, নুংশিজরব লৈপাক্লী মপী-মপা অনিবু তুংকোইন য়ায়ফব ওইহনবিরসনু ।

**ইকাই খুম্নব উৎচরিবশিং,**

**মৈনম চন্দ্রমোহন**
অঙম্ব
পোইরৈ অপোকপ মরুপ
মরু খুভম, অসাম ।

**লৌখাম বসন্ত**
থৌবু
পোইরৈ অমাই লোইশঙ
রাংরেন খুভম, অসাম ।

## কংচব

## হুম ঈথৌ ঈকান সিদব

লেংদব কাইদব মাংদব চিংঙুগী মতিক খোয়ুমগী ময়ায়ন থৌজাল চৈঙাক ওইন লেপ্লিব, অরান খুভমগী ফাওন লম্বেনগী লংলা লংজিন তরেৎকী ঈতিনপুং ওইরিব **ঈথৌ ঈকান সিদব** পুয়ানি । থাজজবশিংগী মফমদ ঈতৎ তৎতন য়াকাইবিরিব পুয়ারেন সিদব কৌনসু কোলোইনরিব ইবুঙো মাগী থৌজালবু ঈয়াজন পুয়াসিদ য়েক্লম্লিব থুপ্লব খোংগুনশিং য়েংন চৎচরগদি লেপ্ল লাইরৈপাক্কী থৌজাল ফংজব ঙমগনি।

অমরোমদন, লাইওইব লাইৱাশিংনি খনজদুন পুয়াগী থৌজাল ঈচেলসি পুথজব মতমদ, তিংখং তুম্মৌ চংহনদনব থৌজাল ৱাহৈশিং শেমদোক শেমজিন তৌদনব চেকশিন্ন হোৎনজখি ।

অরোইবদ, অচুম্ব অরেপ্প য়ায়ফবন মওং মতৌ ওইরিব তেংবানবগী ইপুরোই সিদব ঈথৌ ঈকান খুয়াখাদ থৌজাল ময়ায় মঙালগী মশক ওইরব পুয়াসি লৌশিনবিউ পুনেমজবগ লোয়নন হম্ন কৎচরবনি ।

কৎচরিব পোরৈগী মনাই,

**পোরৈসুতোন**

**পোইরৈ অমাই লোইশঙ**

ৱাংব্রেন খুভম

সোনাই, কাছার, অসাম ।

শম্ন শমপৎন পিক্ক পিকতক্ক - ঈনিল চাওন - লাপ্প নক্ক নোংদমলিব

লাংগোল্লিব রায়েল অসে লাইনিংথৌ সনামহী পাখংবগী সিদ

রায়েলনি খংগনি ।



ঈথৌ ঈকান সিদব



# য়ুম্লেন খুভম

মলেম তাইবংপানবগী মনুংদ তাইবংপানবন য়ুম্লিং য়ুমপানবদ য়ুম্লেন কয়াংকী য়ুম্লেন য়ায়বী মরু ময়োন মশক খংন অমসুং য়ুম্লেন মরু ময়োন কাইদ, ঙামদ, তেক্ত, শোইদ, চিখদ, ৱাত্ত পাদ মপুং ফান য়ুম্লেন য়ুম্লিংগনি । মসিবু মশক খংন পাল্লিব তাইবংন মপুগী ঙমখৈ সিদ থৌজাল ফংজদুন য়ায়বী মরাং কাইন পুন্সি মহৈ য়ানজগনিয়ে । য়ুম্লেন কয়াংকী ফুংগা লাইরু লাইনিংথৌ সনামহী কা, ইমা লৈমরেন সিদবী কা, অপোকপা কা, লাইরেনবী ফৌকোং কা, নিঙোন কা, পিবা কা, চাখুম কা, অপোকপ ফমাং থোংজিন থোঙাক্লেন, অপোকপ ফম্লেন, নাকথ ফম্লেন, অপোকপ য়ুম্পী, নাকথ য়ুমপী, ঈচুম তাফম, য়েৎনখা, সন্থোং, শুপ্ল ইমুং, মাংগোন, শুমাং, ঈংখোন শম্বন, কোনথোং য়ুমলেনগ লোয়নব ইমুংগী মাংগোনগী খুভমশিং অসে তাইবংপানবগী পুন্সি য়ুমপানগী মরু ময়োন্নি । খুভম চিৎথদন য়ুম্লিঙ য়ুমপানব তাইবংপানগী মথৌনি । মঙাং, লুৱাং, খুমন, অহুমদ মপুগী লাইথাংমৈ মপু থৌগল কাইফদে, থোইদোক্ল হেম্ন, খুমন য়ুমচং নুমিদাংৱাইগী লাইথাংমৈ মেক্রুক

**থৌগনব শোইফ কাইফদে** । ফুংগা লাইরুগী ফুংগা মৈ মুৎফদে মরম খিবিক **অসে** কাইদ চিৎথদন পাল্লিব তাইবংন মপুগী সিদ উমং মশক খংন সিদ মহৈ **সিদ** পুন্সি ফংজগনিএ ।

# ফু হৌব

তাইবংপানবন নুমিৎ খুদিংগী চাখুম ফু হৌব (চাক থোংব) লোইরগ ময়ায় ফংলব মতুংদ, ৱাইরম কোল্লিক শেংবদ পুন্নমক লোইন শেংদোক ফেংদোক্কনি , চফু ঈৱান খাঙ খাবৈ চেকপ মুন লৈফদে । অয়ুক্কীন অয়ুক নুংথিল, নুংদাংগীন অয়ুক ফেংদোক চামথোক্কনি । কোনফু তেকত ফু হৌব (থোংব) অয়ুক নুংদাং অনিদ লৈপাক তৈদুন ফু হৌগনি ।

# লুকলেন

ফুহৌব ( থোংব ) লোইরব মতুংদ, লুক হৌরিব লুকলেনশিং মশিং চিৎথদন খজিক খজিক লৌদুন মৈ ৱাইফম মৈ লৌফম ফুংগা লাইরুদ কৎকনি, ফুংগা মনুংদ পীগনি । অয়ুক নুংদাং অনিমক্ত ফুংগা মনুংদ কৎপ শোইফদে ।

# চিঞাক

শা, ঙা, উচেক, তাইবংপানবন চাফদে । তেংবানব মপুন তাইবংপানব অমসুং থৱাই পানব খিবিক লৈশেম নুংশেম য়ায়বী মরু হুন্দুন মালেম তম্পাক্ত তাইবংদগী হৌরদুন থৱাইপানব পুন্নমকপু শিল্লকপ মতমদ, তমদ

পানবদি তাইবংনি থোইদোক্ল হেন্দোক্ল থৱাই পানব খরসু তমদ পাল্লু মপুন থৌজালবি । তমদ পানব তাইবংগ তম পানব মান্নব - মশা - শানি হায়দুন মখোইবু শুপ্ন **শা** হায়ন মিংথোনখি , তম - পানব মান্নবদি ওইরগ মখোইদি য়াম্ন অপং থৌন পংন মরৌ চাওবনি তাইবংগী শিংথাফমনি **শা** মঙাইরেদ অসুম্ন শিংথাই । থৱাইপানব খর ঈশিংদ পাল্লু মপুন থৌজালবিখি । মখোইদি ঈশিংদ পানবনি - তমদ পানব কাংলুপকী ঙাই ওইরো, তমগ ঈশিংগ ঙাই ওইনরো, শুপ্ন ঙাই হায়ন কোলোইগে, অসুম হায়ন মপুন মখোইবু ঙাই হায়ন মিংথোনখি, লোনগী খেৎনব থৈবননি, **ঙাই, ঙা** অমতনি । থৱাই পানব খর কোরৌ মালেম শুংদাই অতিয়াদ পাল্লু মপুন থৌজালবিখি **উ** খুদিংগী চাকতাই, **উ** খুদিংগী পাইন চেন্ন চোংন লেল্লু কোলোই উচেক হাযন কোলোইগে - **(উবগ চেকশিল্লি)** মওং অসুন্ন তম লম ঈশিংলম কোরৌলম লম অহুম অসিদ শিংনাইদব থৱাইপানববু শিংনাইদব কোলোইন মপুন শিল্লকলি । পুন্নমক অসে তমগী তাইবংগ মরী লৈনব ঙক্তনি । থৱাই পানব **পুন্নমক** - অমতনি পংব, শিংব, কনব শোনব, হিম্প চাব, লোনগী . য়াৱা ঈনিনতগী খেৎনবতনি । কোরৌ থৌজালদগী ফুদোংলকপ ঙক্তনি । থৱাই পানব ঙক্তনি, থৱাইন থৱাইবু হাৎতুন চাফদে থৱাইন থৱাইবু তমথিফদে । মরুপনি হায়ন খল্লগসু নত্রগ ইশা - শানি - শাপাং ঙাপাংনি হায়ন খল্লগসু অমন অমবু নুংশিনব নুংশিবী মালেমগী পামুবী তম্পাক্কী ফংঙমদ্রব থৱাই পানবগী মথৌনি ।

# মপুগী থৌগল

পুঙ, শেন , শেনবুং, মোইবুং, কাংশি, মাঙ্গং মরম খিবিক অসে মপুগী শোন্নপুং, শোন্নরেন লাইশঙ থৌগনদ চিংথব লৈতন শিজিন্নগনি । শোন্নপুঙ লাইশঙ পুব মাইবরেন্ন মপু ঈরাংকনি ঈরাংপ লোইরগ মপুবু মৈরোনগনি , মৈরোনব মতমদ পুঙ, শেন, শেনবুং, মোইবুং, মাঙ্গং, কাংশি খিংগনি । লাইনিংথৌগী তুথুপ মতুংইন্ন মৈরোনগনি । অহুমলক, তরেৎলক, মাপনলক, তরানিপানলক ঙমজব মশিংদ মৈরোনগনি । মৈরোনব মতমদ তুথুপ পুব পরিং কাইফদে অলুবনি কুমজা পালোনথোং অকা অকুমদ চিংঙু লাই হরাওব কাইফদে অমাইব অমাইবীগী নুংশিরোন পামুরোন কাইফদে অমাইবীগী লাইমাং ফম্ব শেন হুনব কাইফদে । লৈপাক মাই মাইবীবু লুন চেকশিন্ন নীংগনি ।

# লীক লুকোন

লীক, লুকোন তাইবংন মশাদগী থাদোকফদে তাইবংগী ঙকলিদ লীক্লাং পরেংন মপুগী য়াফরোন নুংশি লৈপুন্নরিব **লীক**নি ঙক্লীগী লীক থাদোকফদে। তাইবং পুন্সিগী অফ ফৎত য়েক্ল তিংখং ঈগাইরা য়ায়গাইরা তিমু তিলম ফৎতব, খোংবান লৈরক শাথৌব খিবিক ঙাকথোক থৈদোকপিন য়েক শলাই ময়ায় তরেৎন ৱাখৈদুন তাইবং হকচাং কয়াৎপু চেকশিন্ন লুন কোনবিরিব **লুকোনবু** তাইবংন থাদোকফদে । ঙক্লীগী লৈপুন **লীক** চেকশিন্ন

লুন কোনবিরিব লুকোন, লীক লুকোন থাফদেয়ে । লীক্লাং পরেংগী **লীক্লুন** ইমাগী কিশিরোম্নি, লুকোনগী যায়রুন ইপাগী কিশিরোম্নি, লীক্ল ইমানি (নুপীনি), লুকোম্ন ইপানি ( নিপানি) মরম অসিন নুপীন লুকোন থাংফদে নুপীন লীকতমক শিগনি - ( নুপীন নিপা লুহোংদুন ময়ুমদ পুরকপ লৈতে, নিপান নুপী হোংদুন ময়ুমদ পুরকতুন পানব তাইবংপান্নি ।



## লাইনিংথৌ মহীরেন

মথক্ত ইখ্বিব পিকতক্ল ঈনিল চাওন, শমপৎন লুম্ন, রাখল শাংন, নক্ল লাপ্ন, রায়েলখ্বিব য়ুম লাইনিংথৌ সনামহী মহীরেনগী পাওচেল অসে তাইবংপানবন লৌদ ইন্দ য়াদ্রগদি, লৈরক ওইরে লৈরক কাইগনি, লৈপাক ওইরে লৈপাক কাইগনি, য়ুম ওইরে য়ুম কাইগনি, মশা ওইরে মশাদ

অকাইব লাইথুং লাইনা ফংগনি, য়ুম লাইনিংথৌ, মালেম লাইনিংথৌ, লৈপাক লাইনিংথৌ, তেংবানব লাইনিংথৌ, মশা মশাগী লাইনিংথৌ, মনুং মপানগী লাইনিংথৌ, সনামহী মহীরেনগী সিদ ব্রায়েলনি খংগনিয়ে । ঙসিতগী ব্রায়েল নংতে উরিন উপালন চোংলকঙৈ, শমন তুন. হৌরকঙৈ অমম লৈশানরকঙৈগীনিয়ে ।

## য়ায়হন থৌগল

মালেম তাইবংপানবগী মনুংদ মপুন শেম্ব অপাম্ব, নুংশিব, অলুব, অহেনব, ফজব, নীংথিব, ঐগী, মাগী অসিনচিংব তাইবংপানবগী থব্রাই হকচাং পুনসি ব্রাখল পুক্লীং হুখ্রব, হুরিব, হুব মরম খিবক অসে অমমমন লোইবীগুম্ন লুমখ্রবনি নুঙগুম্ন কনখ্রবনি, তুরেল ঈচেলগুম্ন তৎত্রবনি মরম খিবিক অসিগী মখুৎত গী হিংব নানথোকপ অব্রাবনি, কল্ল কল্লব, চেৎল চেৎলব , পুকচেল চেৎলব, ব্রাখল লেপ্পব শুপ্প লৈথক লৈখাবু খুদুম চনগে খুদুম চল্লগে খল্লব পুকচেল চাওরবশিংমকসু, ব্রাখল থোইরবশিংমকসু মরম খিবিকশিং অসিগী মখুৎত মিকুপ অমদ ব্রাখল পুক্লীং মহী ওইন চেল্লিবনি, ব্রাখল মঙাল মমলিবনি, মরম খিবিকশিং অসিগী মরম অমমগ লানথেংনবদ তাইবং পুন্সি লোম্লিবনি । কল্লব লান্নী ঙক্তনি । ( তেংবানব মপু মকসু মশান শেমজ শাজবশিং অসিগী মঙাল মনিলন ওলাং পাচু ঈরিক অহোইনরিবনি ) মরম খিবিকশিং অসিগী মনুংদ মরম অমত ঙমজবদ তাইবং পুন্সিগী পুন্সি মহৈ য়াল্লিবনি । লুম্লব, কল্লব মরম খিবিক অসিবু ঙমজদুন মদোম মহৌ মতোমত অম ওইন পুন্নমকপু থমোইদ কোম্ন, পুন্নমকপু অমত ওইব নুংশিরোম্ন তেংবানব মপুবু মিকুপ পুংজা কাইদন, খাইদন নীংজরিব, লাইনিংব, য়ায়হন, অহলশিংবু লুন চেকশিন্ন নীংগনি, থৌগন তৌগনি ।

ঙমজব হৈ, লৈ অচা অথরু থৌগনগনি । লম্বেনদ লমখাংদ য়ুমদ উনব মফমদ নোল্লুক্কনি । ঙমজব চরা অম নোংম নিনি হুমনি অসুন্ন থৌগনগনি । তেংবানব মপুমরু কি, হংগোই, ইকাই খুম্নন লাইনিংবগী য়ায়হনগী, অহলগী মফমদ নোল্লুক্লিবনি। মপুমরু য়ায়ফ থৌনিরিবনি । লাইনিংব, য়ায়হন, অহলন মপুবু নীংলি চেরু চেকশিন্ন য়াম্ন চেকশিন্ন লুন নীংলি, তৎতন নীংলি, মপুন লাইনিংব য়ায়হন অহলবু নীংলি অনিন অম ওইনৈ । মরম অসিন লাইনিংববু য়াম্ন চেকশিন্ন নোল্লুকচন থৌগনদুন মপুগী পাওচেলনচিংব কয়ামরোম হংগৎচদুন ব্রাখল লৌশিং পাওচেল নিজগনি ।

## কোরৌ থাংমৈ

তাইবংপানবন কুমজাগী মেরা ব্রায়ুংব থাজ চুপ্ন কোরৌ থাংমৈ থানব কাইফদে । ( মেরা ব্রায়ুংব ) ।

## য়াউশি

কুমজাগী কুম্মেদ কুমনৌগী কুমদমদ কুম্মে কুমনৌ অনিগী লোম্নবদ তাইনব লমতা থাজনি । কুমজা অমগী অব্রা অনং ওলাং মৈচাক অফ ফৎত পুন্নমক তিনকোক লাইকোক তিনশেং লাইশেংবিদন ইমান নৌন ব্রাখল নৌন হরাও মথোই কান কুমনৌদ কুমজা ঈতারকপসিদ নৌন কুমজা ব্রাখল ঈতারকপসিদ ইমাগী মচা ওইব তাইবংপান ঐখোইসু ইমাগী তুংইন্ন ইমাগী কুমজা ঈতা

য়াউহৌসি কুম্মৈ কুমনৌগী তাইনব থাজ লমতা ইমাগী নুংশিরোন পামুরোন্দ ঐখোইসু য়াউশি। অরিব কুমজাগী খাইনব অনৌব কুমনৌগ থুংনবদ য়াউশি। কুমনৌন কুমজা ঈতা থাজ শজিবু য়েংন তাইনবি, থাজ লমতা ইমান পামুরোন নুংশিরোন তেংথাবদ য়াউশি হায়বদগী **য়াউশি** হায়ন হায়বনি, লোন থৈখিবন য়াউশঙ হায়খিবনি - য়াউশঙ নংতে **য়াউশি** হায়বনি - শঙ অম শাদুন ঈরাংতুন মৈ থাদোকপগী মওংদি অরিব কুমজাগী অফ ফংত পুন্নমকপু তিনকোক লাইকোক তিনশেন লাইশেংবগী ব্রাখলনি। লমতাগী **য়াউশি** অসিদ ইমাগী নুংশিরোন পামুরোন মোইথেমরোন ঈশৈ শৈরেংন থৌগনগনি । কুমজাগী **য়াউশি** কাইফদে।

## শজিবু

শজিবু কুমনৌগী কুমজা ঈতারোন কাইফদে কুমজা য়াকাইরোন কাইফদে । কুমজা মোইথেমরোন কাইফদে ।

## পুয়া তাব

কুমজাগী মেরা থাজদ লৈশেম নুংশেম অমসুং ইপা ইপুগী **পুয়া তাব** কাইফদে । লাইরিক তাব হায়রগসু পুয়া তাববু হায়রগসু অমতনি ।

---

## খুভম

কুমজাগী ফাইরেন, লমতা, থাজ অনি অসিগী থাবুং নুমিৎত নুংথোং সিদবীগী খুভমদ চৎচদুন সনাগী শোন খম্নুংথোং তাইবংথোং লৈথক লৈখা লাইরম্লেন মীরম্লেন ম্নথোঙ থিংলিবী তুরেন শিংলী তিন্নরিবী ইমাগী সিদ ঈরেন্দ **লম্লেন ঈরুপচব** (ঈরুপচব) তাইবংন মশিং নাইদব মপোক্কী লংজব খিবিক কোকচদুন ইমাগী থৌজান ফংজদুন সিদ উমং লাইরেপাক ফংজগনিয়ে । শেরৌগী **লীক্লা নুংলেপ চীঙ**নচিংব খুভমশিংদ থৌজান নিজগনি পুন্সি মহৈনি ।

## খুভম

কুমজা মেরা থাজদ ম্নচীঙ চীঙলেন কৌরুদ চৎচদুন চীঙলেন থক্কী সনাগী থম্বাল লুপাগী থম্বাল শাৎলিবী কৌব্রু য়াব্রা ঈকোইদ কৌব্রু চীঙ্গোই ঈরুপচব তাইবংন সিদ উমংগী সিদ চেক্লাগী মপোক ফংজব ঙমজগনি । করিগুম্ব মেরা থাবুংন চয়োন নিংথৌ কাব থোক্লগদি কোরৌ পোরৈ নোংগারোন নোংদমরোম্নি । মশিং নাইদন চীঙ্গোই ঈরুপচবগী মতিক ময়ায়বু মেরা থাকুং নিংথৌকাব নোংমত লুপচবগ চপ মান্নগনিয়ে । মেরা থাবুং নিংথৌকাব পংন থোক্লোইয়ে ।

## খুভম

ম্নচীঙ চীঙ্গোই নোংমাইচীঙগী চীঙ্গোই ঈরুম্পাদি হান্নগী মদোম মহৌনিয়ে

চীঙোই অসে ঈরুপচব তাইবংন অৱা মৈচাক অৱা অনং লাইথুং লাইনা কোকচদুন তাইবং পুন্সিগী পুন্সি মণ্ডাল ফংজদুন পুন্সি মরাং কাইগনিয়ে।

হীয়াংগৈ থাজদ লম্নেন মরু চীঙলেনদ চৎচদুন হীয়াংগৈ থাবুং ঈরাৎচদুন ঈহুন তমগনি । মরু চীঙ্বু তরেৎ লক হন্ন কোইগনি, করিগুম্ব হীয়াংগৈ থাজদ **থাবুং লাকপ** নুমিৎ থোক্লগদি থাবুং অদুগী নুমিৎত চীঙোই খুভম ঈরাৎচব চীঙোই কোইজব চীঙোই লুপচব তাইবংন থৱাইগী মপু লাইনিংথৌ সিদবগী সিদ থৌজালন সিদ পুন্সি ফংজগনি লাইগ মান্নন মতিক ময়ায় মণ্ডাল ফংজগনি । পুন্সিগী ঙমখৈ ফংজগনি । হীয়াংগৈগী থাবুংদ **থাবুং লাকপ** নুমিৎসু পংন থোক্লোইএ । মরু চীঙগ লোয়নব নাওপোম চীঙলেন কোরৌব চীঙলেন্দ পুক্নীং লৈতান নোল্লুক থৌনিজগনি।

## থাজ কোরৌ লাকপ(কোইরৌ)

কুমজাগী মনুংদ করিগুম্ব **কোরৌ লাকপ নুমিৎ** নত্রগ **থাবুং লাকপ নুমিৎ** থোক্লগদি কোরৌদ লাকপবু ওইরগসু থাবুংদ লাকপ ওইরগসু লাকপগী মমাংদ ঈরু মাইজ থোকতুন চা থকপ লোইগনি - নত্রগ লাকপ মতুংদ চা থক্কনি - লাকলিঙৈ মনুংদ চা থকপ করিগুম্ব থৌশিন থৌদাং তৌফদে মপুগী মিংখৈ শোন্দুন লৈগনি, লাকপ লোয়রগ ঈরুপচগনি ।

## খুভম

ইপুধৌ ৱাংৱেন লাইনিংথৌ থাংজিং খুভমদি হান্নগী মদোম মহৌনি ।

## ৱায়েল শৈরেং

শালোল্লে শালোল্লে
লাইনিংথৌন শালোল্লে
উরিন উপালন চোংলকঙৈগী
শমন তুন হৌরকঙৈগী
অমম লৈশানরকঙৈগী
লাইনিংথৌন শালোল্লে
য়ায়ফরে য়ায়ফরে
তাইবংপান্ন য়ায়ফরে
মোনুপালন য়ায়ফরে
মালংপালন য়ায়ফরে
যায়ফরে য়ায়ফরে ।

## ৱায়েল

মথক্ত ইখ্বিব মরম খিবিক অসে লাইনিংথৌ সনামহী পাখংবগী সনা চৈ লুপা চৈগী ৱায়েলনি । মসিবু ইনজ য়াজ তাজব তাইকংন পুন্সি মঙাল ফংগনিয়ে ।

## ৱায়েল

মপুগী য়াকাইরোন, য়াওনলোন, কুমদমলোন, ঈকালোনগী থৌগন তৌবদ

**পেনা** শিজিন্নগনি, পুঙ, শেন, মোইবুং, মাঙ্গঙ, কাংশি শেম্বুংনচিংবশিং অসিদি নুমিৎ খুদিংগী মপুগী থৌগনবদ শিজিন্নগনি ।

## ফিশেৎ

শোন্নপুং শেন্নরেন থৌগনবদ তাইবংন ফিঙৌ শেৎকনি করিগুম্ব মচুনাইব শেৎফদে। কোকয়েৎ শলাই, লেংজান, ফৈজোম, খ্বাংচেৎ, চিথেক হারৌ কাইদন থোনগনি, ফুরিৎ লিৎফদে । চুকসা মোইথেমনচিংব লুহোংবনচিংব থৌরম পুন্নমক মরম খিবিক অসে কাইফদে ।

## য়ায়রোন

য়ায়রোন থৌচংকী ফুরুপ শিংলুপ মখল মখা থোক্ল লৈব য়ায়, শিংলুপ ফুরুপ মখল মখা থোক্লগসু অমত্তনি-হায়ন খনগনি । ফুরুপশিংন মহাক মহাক্কী থৌচৎত ব্রাখলদ শেমদোকখ্রিব মপুগী মতিক মঙাল ময়ায় ঙমখৈবু কি তুকৎচ হংগোইফদে । অমত্তনি হায়ন খনগনি ।

## য়ায়রোন

মালেম তাইবংপান্দ য়ায়রোন থৌচৎ শনবদ অনম অহা তৌফদে । য়াজদব মীবু ফু চৈব তৌফদে । নুংশিন পামুন শেগ মাইগ ব্রাখলদ শনগনি । মপুগী মতিক মঙাল ঙমখৈগী মনুংদ অকল অরি শিংনফদে । ঐগীসু মপুনি মাগীসু মপুনি । শল্লিব য়ায়রোন থৌচৎকী মতিক মঙাল ময়ায় ঙমখৈবু নীংথিজন

চেকশিন্ন পুক্কীং লৈতান শনগনি ।

## থৌগন

১। চিংখৈন হুল্লকপ শজিক্ল য়াথোক্লকপ মতমদ য়াহৌগনি ।
২। অমাংথোং হাং অমাংঙুগনি।
৩। চিন য়া শেংগনি ।
৪। লাইজ ঈশেংগনি ঈরু মাইজ থোক্কনি ।
৫। মপুগী শোন্নরেন লাইশঙ লাইমাঙ তৈথোক চামথোক্কনি ।
৬। ঈরাৎপগী লাইপোৎ তিনপোৎ লাইকোন ফেংদোক চামথোক্কনি
৭। নহাইরোন তাইরেন পোংফাইন অনম অহা কোকথোক্কনি ।
৮। মপুগী য়াকাইরোন মোইথেমরোন লাইৱান মপু য়াকাইগনি ।
৯। মপুবু ঈরাৎকনি ।
১০। মপুবু মৈরোনগনি ।

## অশেং অমাং

অশেং অমাং, শোকপ পনব, মরম খিবিক অসে মতম পুন্নমকত য়াম্ন চেকশিন্ন চৎকনি, মপুগী থৌগন পুব মাইবরেন্ন শোকপ পনব অশেং অমাং মরম কাইদন চৎকনি । ঈরু মাইজ ফিরোন, খোংহাম খুৎহাম্নচিংব মরম পুন্নমক য়াম্ন অশেং অমাং খাইন চৎকনি ।

# ইমাগী পাওচেল

মথক্কী মবম খিবিক অসে - মালেম ইমা লৈমরেন সিদবীগী তমপাক্ত য়েল্হৌঙৈদগী চৎলক্লুব মরম খিবিকনি । তাইবংপানবন নোংমগী পুন্সিগী খোংচৎত মরম খিবিক অসে কাইদন চৎকনি - মরম খিবিক অসে কাইদন চৎলগত মালেম ইমা লৈমরেন সিদবীগী অপেনব ওইগনি - ইমাগী থৌজান ফংগনি - মালেম ইমা লৈম লৈনাওতাবীগী থৌজান ফংগনি - ইমা পানথোইবীগী থৌজান ফংগনি । ইমাগী তমক ইপাগী তমক তাইবংন ঙমজরিব মখৈ নুংশিন পামুন লুন হেন্ন চেকশিন্ন থৌগল্লোন কাওফদে - ইমাগী ঈনিলখোল ইমালোনগী ঈনিলখোলন ফংব ঙক্তনি । মালেম তমপাক্ত মীওইবন চৎকদব অথোইব অহেনব থৌদাং থৌশিন ঙক্তনি। থম্বাল লৈনা তাবগুম চীঙখল মাপন শল্লিবী, চীঙন কোইন পনঙাকলম, হাওন কোইন পনশালম তেংবানবগী ময়োন্নি - মালেম তমপাক্কী খোইদৌনি - পোৗরৈ সনা লৈময়োন লাইরৈপাক্কী খুভমনি ।



**সনা লৈপাক লৈময়োন**

মীতে লৈপাক ( হৌজিক মনিপুর হায়ন খংনরিব ) অসে অরিব ইপা ইপুন লাইরেপাক **সনালৈপাক** লৈময়োন পোরৈ লমদম, অসুম্ন কোলোইরম্মী শুপ্ন **সনা লৈপাক লৈময়োন** হায়ন কোলোইশি ।



**সনা লৈপাক মালেম লৈময়োন**

লৈশেম চক, লাই চক, হয়ি চক, হয়া চক, খুনুং চক, লাংব চক, লাংব লাংচক, চক তরেৎ অসিগী মনংদ চক মরিগী কুমৈন শুপ্ন পুনব ফোংব মপুগী কুমৈনিএ ।




# শিব

তাইবংন, তাইবং চেঙশিং শুরদুন তাইবং চিঞ্জাক লোইদুন (তাইবং থারব মতমদ), শিরব মতমদ মোংফমদ মৈরাদ শিন্নগনি ( মৈ থাগনি ) পোৎলোইরিব মরুপ মচাশিংন অশিব মৈ থারিব মশাদ্গী করিগুম্ব লু মচেৎ অমত্ত লৌফদে । লৈময়োন লাংগোন থোঙাক্কী খুভমদ পুদুন পোৎলোইরগদি লেপ্ল লাইরৈপাক ফংগনিএ করিগুম্ব লাংগোন থোংঙাকলেন্দ পুব ঙমদ্রগসু অনকপ

মোংফমদ পোৎলোইগনি । মতুংদ লাংগোন থোংঙাকলেন্দ ঙমজব হৈ লৈন রাখৈরুনি, খম্লুং লম্বেন ঈরৈহুৎ তুরেন শিংলি তিন্নফম নুংথোং সিদবীগী খুভমদ ঈরুপচদুন লাইরৈপাক্কী থৌজান থৌনিজগনি ।

## চরা হেনব

থা খুদিংগী থাজ থাশি নুমিৎত ( তরা মাথোই পানব ) নুমিৎত তাইবংপান পুন্নমক চরা হেনগনি উঁহৈ - রাহৈ - হৈ - র া - চাদুন খাংগনি । থাজ নোংমপানব নুমিৎকী অয়ুক অঙনব চিংখৈ হুল্লপদ হৌগৎতুন লুকলেন হৌদুন মপুদ লুক কৎতুন চরা মেনগনি । ময়ায় ফংগনি । থাশি খুদিংগী চরা হেনদুন মপু নীংজরিব ইমা নীংজরিব তাইবংন মপোক তরেৎকী লংজব পুন্নমক কোক্কনিএ । ( তরা মাথোইনিদ হেনবন তরানিথোইদ চরা মেনগনি ) ।

কুমজাগী থাজ মেরা থাবুং নিংথৌকাব থোক্লগদি থা অদুগী থাশি চরা হেনবদি মশিং নাইদব মপোক্কী লংজব পুন্নমক কোক্কনি ।

## মেরা থাবুং

কুমজাগী মেরা থাবুং খুদিংগী নুমিৎক থাগ শিন্নব মতমদ তাইবংগী ইমুং, মাংগোন, শুমাং, য়েৎনখা, য়েৎনখুন, সম্বোং, ইনখোন, শংবন, সঙোন, লম্বেন, কোনথোংনচিংব খুভম পুন্নমক্ত মৈরা থানগনি মৈরান লৈতেংগনি । নুমিৎ অসিদ য়ুমথোং খুদিংগী থাংমৈ অম অহিং চুপ্প মুৎফদে । মসিবু কাইদন ইমা লৈমরেন নীংদুন থৌরম পুরিব তাইবংন অরা অনা কোক্কনি শেনখুম

ঈকাগনিএ ।

কুমজাগী মেরা থাজ চুপ্প তাইবংপান্ন অয়ুক অঙনবদ হৌদুন লাইজ ঈরুপচদুন মপু পুক্নীং চেৎন নীংগনি ।

## চিঙ্গাক

শা - ঙা - উচেক চারিব কাংলুপতি হিংচাবগী শিংদ চল্লিএ, হিংচাবগী চিঙ্গাকনিএ । ঐবু ঐবু পোকপী ইমাগী খোল্লাং থক্তুন য়ায়বী হিংলকপগুম মালেম ইমা লৈমরেন সিদবীগী ঈয়েন হুইয়েনহীঙ চাদুন হিংলিব তাইবংবু লাইগী শিঙ্গ চল্লিয়ে, ঈয়েন হুইয়েন হীঙদি লাইগী চিঙ্গাকনি, মালেম ইমা লৈমরেন সিদবীগী তৎত্রব খোল্লাং ঈয়েন হুইয়েনহীঙনি খংগনি ।

কুমজাগী শজিবু কুমনৌদ ইনশাং মথেল চাম্মগ নিপান্ন খুজিং ওইদুন মপুদ কৎকনি - কুমজাগী নুমিৎ মঙানি চুপ্প মপুগী মিংখৈরোন্ন থৌগনগনি ।

## কোলহৌরোন শৈরেং

কিগনু - কিগনু - কিগনু
ঙৌরেন ফিরান থক্ত
ঈঙাং তাইবং ঈতুম্বু
লাংলোন হৈব চিংঙুন
মমৈ ময়া চিক্ল
খুমন ঈকোক লাংগোল্লি।

ঈথৌ ঈকান সিদব

কিগনু - কিগনু - কিগনু
মালেমগী ফিরান্নি খংগনি
মতমগী ফিরান্নি নীংগনি
লান্মী পুকচেল অচৌব
থৌদা ব্রাশক অকনব
চিঙুগী মঙম য়েকশোইরোই ।

কিগনু - কিগনু - কিগনু
মীনম্ব মরা ফুকপসু
লৌনম্ব মরু তুপ্পসু
চৎন ব্রায়েল তম্বসু
ব্রায়েল কাতি অনিসু
লান্মী ওইব ঐখোইনি

কিগনু - কিগনু - কিগনু
ফৈবোম ফৈরা চুঙঙাব্ক
ফৈবাক চুংগোই লানঙাব্ক
য়েব্ক মায়োক য়াগনি
য়োয়বু য়োয়হেন মালেমবু
কনগনি লান্মী ঐখোইন

কিগনু - কিগনু - কিগনু
কোরৌ ইপা লৈরিদো
মালেম ইমা লেপ্লিদো

ঈথৌ ঈকান সিদব

অকনব মতিক উৎকনি

য়েরু মংশক তানগনি

থৌদা ব্রাশক য়েকশোইরোই ।

কিগনু - কিগনু - কিগনু

**( থৌগন অমসুং নিংশিঙনব ওইন )**

কৌরু মরু ঙাল্লিদো

চীঙলেন নোংমাই নিল্লিদো

মারজিং খোংনেৎ অকনব

কোলেন থাংজিং অথোইব

মীতৈ লৈপাক লাইরৈপাক

কিগনু - কিগনু - কিগনু ।

## মরু

মরু খল্লু ময়োন চোংগনিয়ে - মউ লেপকনিয়ে মহৈ চাগনিয়ে - পুন্সি মহৈ চাগনিয়ে । মরুন ময়োন মহৈ মউনিয়ে । মরুন লাইনিংথৌ - সিদব - অগোকপনিয়ে । মরুন ইমানিয়ে - ইপানিয়ে - ইপুথৌনিয়ে । মরুন - লৈথক - লৈখা - মালেমানিয়ে । মরুন - য়ায়রোন - সনালোন - শিংলুপলোননিয়ে । মরুন - অমম অঙান - অপাল অরংনিয়ে । অসুম ওইরবব চেকশিললব লুখ্রব মরু অসে - লাপ্ল লৈবর হায়বদু য়াম্ন নক্রুম্মী নরু নক্রুম্মী - খংদব য়ানিংদব হিংচা য়ায়তমগী পুকচেল পুবশিংনদি মপোক মপোক খুদিংগী - পুন্সি চুপ্প থিদুন কোরৌ মালেম শাংন চংতুনা মরু মশক খংব - মরু খোংগুন লীব

ফংলোইয়ে । অখংব তাইবং মীওইব লাইগী পুকচেল পুবশিংন থিরুবদি মশাদ তাইবংদ মরু কোন্নন লৈরম্মী .ৱাখল চৈঙাক থান পুন্সি লমজিংলিব, খুদোনবী মাইগে তম্ন লম্মেন লমজিংলিব, পাওচেল পরিং তম্ন পুকচেল লমজিংলিব , নুংশিরোম্ন হকচাং লমজিংলিব, পামুরোম্ন ৱাখল লমজিংলিব, অরেপ্পন লমচৎ লমজিংলিব, য়ায়ফব থৌজালগী মশক ওইরিব ইবুঙোবু মরুনি খংগনিয়ে সনা ইবুঙো মহাকপু ইপানিবু হায়রগসু, ইপুনিবু হায়রগসু ইপুথৌনিবু হায়রগসু, লাইনিংবনিবু হায়রগসু য়ায়হন্নিবু হায়রগসু, অহলনিবু হায়রগসু, পুয়া য়ায়রোন থৌচৎ মতুংইন্ন মিংগৌ কোলোইগনি - মরুবু মশক খংলগদি লেপ্ন মপু ফংগনি, মরুবু চেকশিন্ন নীংলগদি লেপ্ন সিদ পুন্সি ফংগনি - মরুগী য়াথং খুদোং ঈথোইন থৌওক্লগদি লেপ্ন পুন্সি মঙাল ফংগনি - লেপ্ন লেপ্নব ৱায়েল পাওচেলনিয়ে ।

## লাই নীংব

মপু নীংব মওং য়াম্মী, লম্মেন য়াম্মী, মিংখৈ য়াম্মী, কোল্লোই য়াম্মী, শাজৎ লমচৎ য়াম্মী, মান - মান চৎখিব লম্মেন, মান - মান নীংখিব মিংখৈ, শোনখিব কোলোই মতুং ইন্ন নরু লাপ্ন কোইন শন্ন, ৱান - নুঙাইন, অরান্ন খৌরাংন, চৎথখিবতন খেৎনবনি - মপুগী মনাক্ত, মপুগী মঙালদ সিদ উমংদ থুংবদ, হানব কোনব, থুংঙুব, থুংঙুদব, য়ৌরকপ, য়ৌরকতবগী খেৎনবতনি। তাইবংন য়ৌরুবর থুংঙুবর হায়রগসু য়ৌরুই থুংলুই - য়ৌরুবর হায়রগসু য়ৌরুদে - থুংলুবর হায়রগসু থুংলুদে - অঙকপনি য়ৌঙম থুংঙদ্রব সিদ উমংনি সিদ লম্লেন্নি । কদাইদনো লম্লেন অসে - খংবর লম্লেন অসিগী মওং মতৌ করিনো - মসিগী পাওখুম কনান পীগনি ।

# লাইনীংব মতৌ

তাইবংপানগী মনুংদ অচৎ চৎত পুন্নমক মাগী মাগী, মরোন, যাৱা, ঈনিলখোল শাজৎ মতুং ইন্ন মপু নীংব ঙক্তনি । মীদি ওইরগ হিংচা, য়াইতমগী লাইনীং নীংফদে । মীদি ওইরগ তিন কাংগী লাইনীং নীংফদে, মীদি ওইরগ শা - ঙাগী লাইনীং নীংফদে, মীদি ওইরগ শামরক ঙামরক্কী লাইনীং নীংফদে । মীওইরগদি মীওইবগী লাইনীং নিংঙ্ঙুও, মীদি মপুগী মিনি, মপুগী শানি - য়াম্ন নকপ অমত্ত ওইব শানি । অশেং অমাং খাইন, লুন, হেন্ন, নীংথিন য়ায়ফন, নুংশিন পামুন - চেৎন চেকশিন্ন, শেংন ইশেং শেংন য়ায়রোন পুয়া থৌচৎ মতুংইন্ন নীংব লাইনীংদি মীওইবগী লাইনীংনি খংগনি । লৈথক লৈখা কোরৌ মালেম খাইন নীংব লাইনীংদি মীওইবগী লাইনীংনি । মাইগৈ কারল মঙাং লুৱাং খুমন খাইন নীংব লাইনীংদি মীওইগী লাইনীংনি, অচৎ চৎত থৱাই পানব খাইন নীংব লাইনীংদি মীওইবগী লাইনীংনি ।

# লাইয়াম

যায়বী য়েলহৌঙে অমমম লৈশানরকপ মতমদ কৌরু চীংলেন চীঙশাঙ নাওপোমগ লোয়নন ইহান হান্ন ফাওগৎলক্লি । লৈমলাই লাইয়াম পুন্নমক খুন্দাখি, লাইয়াম্ন লৈশেমগে য়ায়বী লৈশা লৈতেমদুন তরং ঈপাক মেন্দুন ফুলহনদুন খুম্থেক খুন্দারগে হায়ন খল্লকপ মতমদ নোংমাই কোরৌ খেৎন ঙমজন ৱাংব নোংমাইজিং চীঙলেন .যানথ থুগাই তরং ঈপাক ফুলহন্দুন লৈশা লৈতেমদুন লাইয়ান্ন খুন্দরক্লে, তেংবানবগী মনুংদ ইহান হান্ন লাইয়াম ময়ান্ন মখুৎন মখোংন থোংন মপাঙ্গল থেরু হুমাং ঈরিক কান লৈশা লৈতেম য়ানং থুগাইদুন লৈশেমদুন খুন্দা খুম্থোকপ লৈপাক্লি,

লাইয়ান্ন মশান শেমজব লৈপাকনি লাইয়ান্ন মশান খুন্দাজব লৈপাক্লি। মরম অসিন লাইরৈপাকনি হায়খিবগী লাইয়াম ময়ান্ন লৈরবনিন, লাইয়ান্ন পানব লৈপাকনিন করিসু অৱাং অপা লৈফদে অমসুং অৱাং অপা লৈতে হায়দুন সনালৈপাক হায়খিবনি লাইযাম ময়ান্ন মশান মখুংন মখোংন থোংন শেমজব তেমজব লিংখৎচব, লাইয়াম ঐখোইন ইহান হান্ন খুন্দাজব লৈপাক্লি মালেম তমপাক্কী ময়োন্নি হায়দুন লৈময়োন হায়খিবনি। অসুন্ন লাইয়াম ময়াম লাইরৈপাক সনা লৈপাক লৈময়োনদ খুন্দাখি। মতুংদ উরি উপালন চিংব থৱাইপানব অচৎ চৎত পুন্নমক তাইবংপান মীরম্লেন্নচিংব শেম্লক্লবা মতমদ তেংবানব মপুন থৱাইপানবশিংবু মখোই ময়াম্বু মাইগে মাইগেদ খুন্দাহনখি, কৌরু নোংমাইজিংন চিংব চীঙলেনশিংন লাইজ তরং ঈপাক মনুংদগী ফাওগৎলকপগুম্ন তেংবানবগী মনুংদ অচৌ মচা খাইন ফাওগৎলকপ চীঙলেন চীঙ্জুমশিং চিৎথদন খুন্দাখি উরি উপাল চোংখি। তেংবানব মালেম তমপাক্কী চীঙ্জুম চীঙ্জুমগী নাওয়োম নাওয়োমদ খুন্দাহনখি। উরি উপাল চোংখি। লাইয়াম ময়ান্ন মীরম্লেন তাইবংপান পুন্নমকত লৈশা লৈতেম্বনচিংব মালেম তমপাক্কী খুন্দা-খুম্থোক য়ুমলিং য়ুমপালনচিংব মথংশিংন তাকপি তম্বি লাইয়াম ময়ামগী তাকপি তম্বিব মতুংইন্ন তাইবংপান মীরম্লেন শিংসু মশা মশান মখুং মখোংন থোংন লোইবী চীঙলেন চীঙ্জুম য়াম্থ থুগাইদুন লৈশা লৈতেম্লকলে খুন্দা খুম্থোক্লক্লে। মতৌ অসুন্ন মালেম তমপাক্কী মনুংদ লাইজ তরং ঈপাকতগী ফাওগৎলকপ চীঙ্জুম চীঙ্জুম য়ান্থ থুগাইরকতুন তাইবংপান মীরম্লেন অচৎ চৎত খুনদারক্লে, মালেম তমপাক থৱাইপানকা মপংযান শিনখি থৱাইপানব অচৎ চৎত মী শেম্বগী খর, লাইয়ান্ন মশান মখুংন মখুং মখোংন থোংন শেমজ শাজ লিংখৎচব খুন্দাজব লাইরৈপাক সনা লৈপাক লৈময়োনগী মনুংদ তাইবংপান মীরম্লেন থৱাইপানব খরবু লাইয়ান্ন খুন্দাহনখি লাইয়াম্না লৈমিনখি। লাইয়াম ঐখোইগী

লৈপাক লাইরৈপাক অসিদ লাইয়াম ঐখোইগ তোৎন তৈনন পানমিন্নব লৈমিন্নরিব তাইবংপান মীবম্লেন শিংলুপ অসিগী কোলোইদি - **মীতৈ** হায়ন শিংলুপ কোলোইগে - লাইয়াম ঐখোইগ তোৎন তৈনন পানমি লৈমিনব শিংলুপ মীতৈ তাইবং মীরম্লেনদি লাইয়ান্ন শিঙ্গব কনব শেংব লুব হেনব মরম পুন্নমক ফংজৌও অসুন্ন লাইয়ান্ন সিদযাথং থৌজানবিখি। লাইয়াম ঐখোইন পাল্লি হায়দুন **লাইরৈপাক**, অৱাৎ অপা লৈতে **সনালৈপাক** মালেম তমপাক্ত লাইয়াম ঐখোইন ইহান হান্ন পানব লৈপাক্কী ময়োন লৈময়োননি - মীতৈ শিংলুপন পানব মীতৈ লৈপাকনি । লৈশেমঙৈগী লাইয়ান্ন তম্বিব লাইৱা তিনৱা ইমালোন মীতৈন থাফদে ।

কাইফ মাংফ শোইফদ্রব তেংবানব মপুগী ৱায়েলনি, মালেম ইমা লৈমরেন সিদবীগী পাউচেলনি খংগনি ।

# হুম ঈথৌ ঈকান সিদব

তম্ব ঈতিক থোক্ল কোল্লিব হাওরৈ ঈতমপাক পাৎলৌ ঈথাকোন লোইবী চীঙ্গ্যা তময়াকোন তাইবংন ফংঙমদ্রব লাইপুংকোম্নি লাইরৈপাক্কী খুভমনি তাইবংপান্ন কাওফদে - মীনম্ব লৈফদে - লৌনম্ব তুংফদে - মীনম্ব মরা ফুক্কনি লৌনম্ব মউ তুপকনি । য়ায়রোনগী মরুনি সনালোনগী ময়োম্নি অচৎ চৎত **মালেম** তাইবংপানবগী সিদ পামেলনি সিদ উমংনি খংগনি ।

**হুম লাইনিংথৌ**

**হুম সিদব**

# তৎত মিংখৈরোন

তৎত মিংখৈরোনগী মহৈদি মপাল ঙমখৈ লৈতবনি খম্নুংপোং তাইবংপোং লাইরমলেন মীরম্লেন মরোন অহম তমপাক তরেং শুরোন তরাগমরিগী সিদ মহৈবু অকাই অতা লৈতন লেপ্ল সিদ মহৈ সিদ খৌজান ফংগনিয়ে । তৎত মিংখৈরোনদি নোংম নিনি হুমনি অসুম্ন ঙমজব ঙমজব মশিংদ মিংখৈরোনগনি ।

## তৎত - মিংখৈরোন

হুম

সি - - - দ - - - ব ( সিদব সিদব )

লা - - - ই - - - নিং - - - খৌ - - - সি - - - দ - - - ব ।

সিদব সিদব য়া - - - - য় - - - - - ফ - - - - - রে

- - - - - - - - - - - - - - - - - - - - - -

হুম লাইনিংখৌ সনামহী

পাখংব ।



